[illegible]

# হৈয়েন চরোং অচুম্বা



প্রমোদিনী

কোঙজবী— বেবী গৌরিশ্রী
কাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল




ফোংবা চহি— ১৯৯৫—৯৬

কপি মশীং—

নমফম— আর বি প্রীন্টিং হাওস
নাগামপাল, ইম্ফাল

মথুম য়েকপা— অহনজাও

মমল— লুপা তরামঙা

ফংফম—

১। ও কে ষ্টোর
পাউনা বাজার
ইম্ফাল

২। কে পি স্টুডিও
কাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

মীওইবগী লমচৎ তোঙান তোঙানলি। অমগা অমগা মাম্নদে। খেন্নে। মীওইবগী পুন্সি শাংলবা লম্বী লমশাং অমগুম্বনি। লমশাং অসিদা চৎলি ঐখোয়না লেপ্পা লৈতা। লমথাংদা থেংনখি, উনখি মখল মখলগী মীওই কয়া। কনানা কদায়দা চৎলিবা হংনদে কনা অমতনা, ঙাইস্থু ঙাইনদে। মাই মাই পন্থুং য়ৌনবা চৎনরি পন্থুং তাল্লি। শাংলবা পুন্সী অসিদা হাকথেংননা থেংনরুবা, উরুবা, তারুবা খরদং লীলা ওই, ৱারী ওই ইথোকচরগা খ্বাই তরাগী থৌগল তৌজবনি।

১৯৯৬ প্রমোদিনী

# হৈয়েন চরোং অচুম্বা

## ( ১ )

লাংলেন— ভাইখো, ঙসিদি মেন মান তানা রা অমা ভাঙনখিবা তারি।

চীংখৈ— করি রানোনে ?

লাং — লৈ। নঙনা ঐবু পাটি অচৌবা গভর্ণর, চিফ মিনিষ্টার য়াওবা মফমদা পু-পুদুনা খুঙ্গোইনরিসিবু করিগীনো হায়বা ? অদু অদা খঙদে ঙসিদগীদি ঐ পার্টিকা অমতা য়াওবা চৎলরোইদৌনি। ঙসিনা অরোইবনি। হয়েংদগীদিনে তৌবী লাকপীরক্কনু।

চীং— করিনোনে হায়রিসিবো। নঙবু লাই ওক্করক্কবরাও ?

লাং— ওক্কদে। ঐ পার্টি চৎলরোই হায়রিসিনি।

চীং — অদুবু কৈদৌরগে হায়বা ?

লাং— ইকাইজোয়, ইকাইজেয়ে খঙওব্রাও ? নঙগী গভর্ণর অদুনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা করিনো অমা হায়রেনে। ঐদি মরোল মরি খঙদবনিনা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা

লৈরে। অত্থদা মানা নোকফেৎ তৌখিনে, ইকাইদ্রা হায়বা মত্থবো ?

চীং — মতমত্থদা ঐবু কৌরকপদি য়াদ্রাও ?

লাং — মতমত্থদদি নঙদি মুপী কেথ্রবী অমগা রারী শাত্থনা চখোম চাউনা চাউনা নমত্থনা চারি। নখোয়গী মুংঙাইবদো থুগাইনীংদত্থনা কৌবীদবা খঙবিরেদনা।

চীং — অঙাওবীসিদি। নঙসে খম্বন্দি হাইফেৎ চাউইকো।

লাং — করি, করি হায়বা ? ঐবু খম্বন চাউবী অঙাওবীনি হায়বা ? ঙাওরিবদি নঙনে নঙ। কৈদোগে ঐনা হায়দি মহৌশাগুম ঐগী ইনাক্তা চাবা য়াদ্রা হায়বা।

চীং — নোংমা ফাদোকস্থ রারী শাবা তাবনে অতোপ্পগা। মত্থ চৎনবীনে চৎনবী। নঙসি ওম্থোক্লা পঙথ্রেদকো।

লাং — পংঙি ঐখোয়দি। পঙবত্থনবু ঙসিদগী পার্টি য়াওবা চৎলরোই হায়রিবসিনি।

চীং — চত্তবা য়ারোই। পার্টি অমতা চিৎথরোইদবনি। বার্ক্রোনবু ফংলবদিনে চৎকদবনি।

লাং — মী অতৈস্থ মুপী পুনরক্তবা য়াম য়াওইসে। মতোম মতোমতা লাকপা। নঙস্থ নতোমতা চৎলো।

চীং — ননাক্তা লৈত্রে মশাউই ; লৈরে মীগী মমাঙদা ইকাইজে মীনা নোক্লে হায় মশাউই।

লাং — নোক্লববু নোক্লে হায়বনি। নঙনদি লেপ্পা চারে ঐগী ইনাক্তা ফম্না চারে ইনাক্তা। মত্থ উরগা মীনা মুগুক মুগুক

ঙাঙনরিদো নোকনরিদো নঙদি উরম্মোইয়ে তারম্মোইয়ে মখোয় অনীসে ওস্তোকনা চান্নব্রে সুপথা হেক থানদে হায়দো। মত্থু তাবদা হায়রিবা—হায়রিবা খঙবিরব্রাও?

চীং — ঐনা নঙগা ফম্মীন্নরিদো লেপমীন্নরিদো মরম লৈ। মদো ঐ হায়গে তাও।

লাং — করি মরম?

চীং — অমনা ঙসি গর্ভর্নরনা হংবদা মরোল খঙদত্নুনা খুম্বা ঙমখিদবদো ঐনা তারবদি অর্থ হন্দোক্লগা ঐনা খুম্বীবা য়ারেদনা। অতোপ্পা মরম অমনা নঙগী ননাক্তা নঙবু থাদোক্কনা লৈরবদি মুপী অকেবীশিং অত্নুনা ঐবু রারী শাসি হায়ত্নুনা হৌরবা ঙমদ্রেদনা।

লাং — হায়রিসিনদি ঐ য়াওবনা মরম ওইত্নুনা অকেবীশিং অত্নুগা রারী শাবা ফংদ্রে সিনিনে। অত্নুননে ঐনা ঙসিদগী পার্টি য়াওবা চৎচরোই হায়রিবসে।

চীং — ঐনা অমা হায় নঙনা শেরান্ননা অমা হেক্তা লৌই। ওস্তোকইদকো নঙসে। নঙনা হায়রিবু অফিসার অতৈ মতোম মতোমতা লাকপা য়াউই ঐবুস্থু ইতোমতা চৎলু হায়রিবনিনে।

লাং — হায়রিবনি—হায়রিবা। ইবুংঙো! নতোমতা চৎলু ঐদি মুপচৎ চৎচররোইয়ে চৎলরোইদবা।

চীং — চৎতবা য়ারোই। ঐনা নঙবু পুত্নুনা চৎপগী মরম লৈ। অফিসার অতৈনা মুপী পুনরক্লিন্দো মুপীশিংথু লাইরিক

হৈতে মরোল লোন্নবা ভম্মোই হায়তুনা পুনরক্তিবনে। মহৈ হৈতে খঙনা-খঙনা মুপীবু লৌবীরুরগা করিগী মীমাঙ পুথোকনীংদ্রিবনো করিগী ইকায়রিবনো। চাউদ চাউজনীংবা পাঙদবা মথোয়তুগী মমাঙদা লেম্নগে হায়তুনা নঙবু পুবনে। লাইরিক লাইগু হৈতে হায়তুনা মুপীবু হন্থনা য়েংবা মিৎয়েংদো ঐদি পামজদবা। ঐগী মুপীবু মহৈ হৈতে হায়তুনা ইমুংদা নমশিন্দুনা থমগদবা নীপা নত্তে ঐদি। তম্নগা হৈনরকপা ঙাক্তনি। মীবু হৈতুনা খঙতুনা পোল্লকপরাও ?

লাং — ফরেনে অদো রা অমতগা হংখিগে ?

চীং — করি রা অমুক ?

লাং — অবোকনা হাম্নরিবা মণিপুরদা লৈবী মুপী লাইরিক হৈবী ইনাক খুনবী বি,-এ, এম-এ অফিসার, প্রোফেসার, উকিল ডাক্তর অমতা চিৎথদনা নঙগী হায়নরুই নঙনা কনা অমতবু য়াখিদে হায়।

চীং — য়াদে, য়াখিদে। কনা অমতবু ঐনা য়াখিদে।

লাং — অতুক ফগ্রবী মুপীশিং অতুগা লুহোংদনা শকথীবী কনা হন্না য়েংবদা ইমিদগী হেন্না লৈজদ্রবী, লাইরিক হৈতবী খুরোৎপী, মমা মপাসু মথোঙ খঙদবী ঐবু নঙনা লুহোংতুনা নঙগী মুপী ওইনা থম্বীরিসিগী মরমদো ?

চীং — মরমদো· নঙ খঙনীংঙি সিনিনে। হৌজিক ফাওবা নঙ মরমদো খঙদ্রিবরা ?

লাং — কদাই খঙগনি হায়গে। নঙনা ঐঙোন্দমু মরমচু হায়থ্র-বরনে ?

চীং — হায়দ্রবস্থু নঙ নশানা খঙকম থোকপা।

লাং — হো ইবুংঙো। ঐখোয়দি মীনাই মচানিনা অপঙবীনিনা পাউথোং চন চন্দুনা হায়রিদো খঙজদেয়ে, লাইরিকস্থু হৈত্তবনিনা।

চীং — অদো পার্টি চৎলুবগী ফিরোলসি হোংদোক্লগা নীংথিনা ফম্লগা য়ারীচু লীরগে। ফি হোংঙখিসে। চাক হায়রা চাগদবস্থু লৈত্রে।

লাং — হোংঙোই। ফিরোল হোংদোকপ্রবদি তুম্মসি হায়রক্লনি। হোংদোক্লিঙৈসিদা য়ারীদো হান্না লিখো। ঐ য়াম খঙনীংলজাৎনি।

চীং — অচুদি ইবেম্মা তাবিরো লীজরগে। ঐদিনে মীচং লৈজদ্রবা মতু শোনব মীবু য়াম্না ঙুংশিজে। অশোনববু অকনবনা লাঈরববু ইনাকখুনবনা, প্রজাবু মিংথোনা ওৎপা নৈবা অসিগী মায়োক্লনি ঙসি ঐনা লেপ্পলিবসি। তুহৎপীরবা নৈহৎপীরবা কাঙবুগী মীচঙনি ঐদি। নঙবু য়াম্না থম্মোয় শেংন' ঙুংশিজতুনা অখিংবা কয়া মায়োক্লরগা ঐনা ঙমতুনা নঙবু লুহোংখিবনি। নঙস্থু খঙলিবা নত্রা ? জ্ঞান লৈবা ভাব তাবা কাঙবুনদি ঐবু থাগৎনখি। মত্তমতুদ য়াখিদবা হায়ববু নঙগী পাবুংগা নমাসি অচুগতনি।

লাং — ঐগী পাবুংকা ইমাকা লৈজদে পনবিরক্নু।

চীং — হায়হৈদেদা।

লাং — ফরেনে হায়ররোই অদো ঐগী পুন্সিনা নওগী পুন্সি ঈচেলদা তিল্লকপগী রারীদো খরা লিকায়দনা ওসিদ্দি অমুক্তা থরায় তানা তাজগে। চিংনরিসি কোরুবা।

চীং — নওনা খঙনীংলে তার্নীংলে হায়রবনীনা ঙসিদি শিৎ শিৎনা কোমা সেম্মিকলন য়াওনা অমতা চিৎথদনা লীরগেকো। তারো।

## ( ২ )

## ক্লাস বেগ হৌবা

চীংথৈ — ইপল।

তোলেন– করি হায়গে ইবুংঙো ?

চীং — ইপলদা করিগুম্বা রাকম অমতং হংজনীংতুনা। রারৌবিবদি য়াদে। রাফমসি ইপলনদি মুন্না খঙবীরমগন্না হায়তুনা।

তো — রাকমতুবু করিনো ইবুংঙো? ইপলনা খঙববু ওইরবদি শেংনা হায়গনিনা করিম্মো। ইচানা খঙনীংলিববু করিনো? ইচা মুপাবু অরাংগী সাহেবসিংগী য়ুমদা তম্না উবগুমমু তৌই। সাহেবনা করি হংলকউ হায়রবগে? মেম সাহেবনা হায়রকপরা? কনানা হংঙু হায়বনোমে ইবুংঙো। ঐখোয়দি অচৌ অশাংগা য়ুমলোম্নবসে মুংশা পংথীদা থীনে ইবুংঙোনা হংনীংলিবা রাকমতু করিনো হায়রোদনা। কোয়য়েং য়েংলিবনা করিগী ?

চীং — মী অতোপ্পা তাহন্নজনীংদবা। কনা অমতনা হংঙু হায়বা মত্তে নচানা চুম্মনা খঙজনীংতুম্মা তৌবনি। সাহেবকী ইমুংদা লৈরম্বী মুপীমচা লাংলেন হায়বীদো ওসি তরানিমুক শুরে ইমুং অসিদা উদব। মাগী অকুপ্পা পরিচয় খঙজনীংতুনা।

তো — ঐস্মু খল্লম্লীবনি অঙাংতু মশক উখিদ্রে হায়না। ইবুংঙোদি মুপীমচা অতুগী মরমদা করিদি খঙডি?

চীং — খঙজদতুনা। ইপলদি মুমলোম্নবনি খঙবিরম্বা য়াই হায়তুনা হংজরিবসিনি।

তো — খঙদেদা ইবুংঙো। মুপীমচাদো মরাইবক্তি থীগ্রবা জাংনিদা মাগী খনবদা ইপলদি নুংঙাইততুনা অরাংগী ইমুংসিদা নোংমতবু ইমিৎসিনা য়েংশিল্লুদেনে ইবুংঙো।

চীং — মুপীমচাতুগী রারী রাখোঙনি নচানা মুম্না খঙজনীংলিবসে। মুপীমচাতুবু সাহেবসিনা হেক পোকপরা নত্রগা মখোয় ইমুংগী ভেংবাংনব থম্বা মীচাবোক্লা?

তৌ — সাহেবসিনা হেক পোকচবা মচামুপী অহন্নি। মমা অদো লুহোংতুনা লৌবনি। লাইরিক লাইশু হৈবীনি। নখোয়গী বিশ্ববিদ্যালয় হায়রব্রা করিনো অতুদা অচৌবা মকোক ওইবা ক্ষম অমা পায়রি হায়। থোইনা মরী লৈনদবনিনা মোংমত্তা হংখোং তৌরুদে। মুপীমচা লাংলেদ্দো মুপী অতুনা পোক্লম্বা মচানি। করিদগীনো ঐখোয়স্মু খঙহৌদে নোংম্বা য়ামনা থীনা খংমরকই। দারোগানা খোইরেন

মশা পাইখি। মখোয়না খৎনবদো মৈতৈ লোন্দা খৎনদে। অংগ্রেজী মরোন্দা খৎনৈ। য়াম্না লাউনৈ উকিলকাসু লাক্লুনা চে-চাং য়াম্না ইনৈ অহুগা শোই তৌনখি। শাথীনা খৎনহুনা খাইনখিবনি। মুপী অহুসু মরীংজেনদি খাথ্রে ইমুং অসিদা মহাক অমুক হল্লকনি হায়বা ইপল থাজদে। শাউদি শাউমু ইবুংঙোখোয়গী সাহেবসে খরা ঙকচাউ থেকইনে। রাঙাং শাঙাংকাসে কয়া লুজদে হায়বা। মথক্কী অহন্নি মপাগুম্বনি অহুবু ঐঙোন্দকাসে নঙ-মা কা হেক্তা হায়নে। থকসি খাসি কয়া নাইদবা অহুদা ইপলমা চঙনীংদহুনা মহোইদা চঙদবনি।

চীং — খুঙজৈ ইপল। ইপলদি নোংমতা সাহেবকীদা লেঙশিল্লক্কে। থকসি খাসি কয়া নাইদে হায়বহুমপু চুম্মী। শ্রী ঙাঙবদা নঙ-মা খরা হায়গল্লি।

তে — মহুগী মরম লৈ। ইবুংঙোদি খঙলম্লোই। মহাকসে অা লরাইদগী হোংগৎলকপনি। লাইরিক লাইশু খর' হৈজরগা থবক অচৌবা অমা হেক ফংখিবহুনা মখোই কাখিবা জাৎনিদা। সংসারসিদা চাউনা মুম পোক্লকপনি খনখিবা। থন্দবা চফুনা মখোল হোৎ হায়নবগুম খরমু চাউথোক-চবনে। মমা অপোকপা অহুবুসু তাম্থোকপ্রিবনি। নঙনা মশক উদ্রে হায়রিবা মুপীমচা অহুসু মখোয়না তাম্থোক-পীখিবা ওইরমনি। মুপী মচা অহুবু মুপী অতোম্বী অসিনা ওইদবা রা হায়রিদনা মপাবু ফুহল্লিবা ওৎপীরিবা মহানি।

য়ুমলোম্নবনিনা মউইদো মতায়দে। ইপল খাঙবা ঙমদে। পীশক পীক্লিঙৈদা মবোক্কী মনাক্তা লৈক্করম্বনি। মবোক অত্তম্ন মহোয়না ওৎপদা খাঙবা ঙমদতুনা মশুত্তু পুত্তুনা অা লৱায়দা চত্তুনা লৈখিবনি। ম্নুপীমচা অত্তুগী মমা খাইনবা মতমদা মমাতুনা অঙাংসি পীক্লি মতম খরদদি য়োকচরুখিগে হায়জৈ। মপানা ঐ মপানি এগী ইচানি অঙাং পুবা য়ারোই ঐনা য়োক্কদবনি হায়তুনা মমাগী মথাদগী শেৎতুনা লৌহৌরিবনি। চাউথ্রবা কুমতৈ অমনি অঙাং মুন্নবদো। মপানি হায়তুনা মানা ঙমতুনা অঙাং লৌহোই। অত্তুগা হৌজিক্কা পংনৈ নৈবীবা ওৎপীবগী রানিদা। মচানি কৈদোগে মহৈমশিং খরদদি মতম-হল্লু। মহৈস্ম তমহন্দেদো। ম্নুপীমচাতুনা কয়াদা রানা পিদোম্না খাঙজরম্বা। খল্লুবদা ঐদি কপ্পু, কপ্পিংঙি ইবুংঙো। ম্নুংশিত্রেদা ম্নুপীমচাদো। অঙাংত্তুবু মহোয়না ওৎপীবদো ইবুংঙোখোয়স্ন মউরিনি হায়বা।

চৌংখৈ—উজৈ ইপল। অপোকপবু ওইরবস্ম পোক্তুববু ওইরবস্নু মীনাইবু ওইরবস্ম খরা খিঙ্গি থীনা ওৎগল্লি হায়জরিবা। খরনা হায় ম্নুপীমচাতু লৈশাবী পুংকক ফারবনিনা কনাগুম্বা অমদা চেল্লম্বস্নু য়াই নত্রগা মবোক্কী মনাত্তা লৈরম্বস্ম য়াই হায়না ঙাংনবা ইপল।

তো—ইবুংঙো ম্নুপীমচাদো কনাগুম্বা পাখং অমদা চেল্লয়োই। মাদি মপালস্নু শূকথোক থোকহনদবনিনা কনা অমতগা শক খঙনরম্লোইনে। শোয়দনা মবোক্কী মনাক্তা লৈরমগনি।

চৌং—মাগী লৈফমসি করম্মা খঙগনি ইপল ?

তো—মপুবোক অদো ৱারী লীবনি। ৱাবগাইগী লৈশং যাত্রা ৱারী লীবা হায়রগা হেক্তা খঙগনি। ওজাদো নুংশিদা তৌজিক্কি লৈখিদরে। মানা লীবা ৱারীদো তাবা নুংঙাইবনিদা।

চৌং—ৱাবগাই হায়বসিবু ?

তো—লম্লাই অসোমদা অৱাং ককচৌং অৱাং ৱাবগাই হায়হুনা খুল অনী লৈদনা; অৱাং ৱাবগাই হায়বদো নহোয় সাহেবকী পোকফম হৌফম খুঙ্গংনি। মহুদা নুপীমচাদো শোয়দনা লৈরমগনি।

চৌং—নুপীমচা অহুবু পোকপী মমাহুগী লৈফমদি, ইপল খঙবিব্রা ?

তো—খঙদে। মমাহুগী মমিংদো ময়াং মমিংনি। হায়বা থোক্কে ইপলদি। ঐখোয়নদি মাবু ইবেমহল হায়না খঙনৈ। নুপীদো লাইরিক হৈবীদো মবুক মপাউদি ফত্ত্রবনিদা। নখোয়গী সাহেবতা কৎলবা ঙা-চাক, অথুম-অহাও, লফোই-লতং অহলনি হায়হুনা ঐগী শরুকস্থ হেক হেক থুংঙকই। পোং পীজরৈ হায়বগী ৱা নত্তবা অহল-লমন লাই গুরু মশক খঙভি হায়বনিদা ইপলনা হায়বদি। নুপীদো লক্ষ্মীনি। হৌজিক লৈরিবা নুপীসিগদি সমুদ্রগা লাংখোংগনি খেন্নথ্রবা।

চৌং—অতোপ্পী অসিদি ঈশো খরা লাংঙিনে ইপল। ৱাঙাং খোনফম্মা কল্লিব', লুজখিদ্রে। মীনা উশিংত্রিবা। মসিবু কদাইদগীনো ?

তো—মী-মীতুগী ৱাঙাংনা শাজংনা হৌরকফমদি অতুম তাকচবনি। করিনো নারী কেন্দ্র হায়ববা কম্পানি হায়ব্রা মারবাক জগোয় শাবী কাওবু অমা লৈমাল্লে। মতুগী জগোয়-শাবী মকোক্নি হায়ব্রা করিনো। অফাওবা কোল্ল্‌প-তগীনিনে। মাই মাই হৌরকফম মশা মশানা অতুম তাকচবনি।

চীং—ইপল ঙসিদি ঐ য়াম্না মুংঙাইজরে। ঐ খঙনীংবা কয়াম্ব খঙজরে। ঐ য়োজথ্রাগে। ৱারোবিবা য়াদেকো। ইপলগী মতম ঙহাক মাঙহনজরে।

তো—য়ে ঐগীদি সিনা পোংথারিবনি। য়োরো য়োরো ইবুংঙো।

চীং—ফগনি ইপল।

( ৩ )

চীং—হাইমা শেঙ্গোই!

শেঙ্গোই—তামো। অদ তামোগী য়ুম থিবদা কয়া ৱাপ্রে। ঐ মশ্মিঙৈদগী হাইগৎগলকপনে। হৌজিক্তা য়োরকইসিনি। থিবা ৱাপ্রে।

চীং—তাঙনা ফংবা পোংতি মমল কাওখৎপনে। লায়না ফংবা পোংতি মমল য়াওদেদনা।

শে—তামোনা লোংতুনা লৈরম্মীসিদি মমল কাওখৎহল্লিবোয়ে?

চীং—কাওখৎহল্লিবনি। অদো নঙনা ঐবু খিরকপগী মরম্ব করিগীনো হায়বা!

শে—মরম অনীথক্কীনি তামো।

চীং—মরম অমতগী নত্তবা ?

শে—নত্তে। অনীথক্কীনি।

চীং—করিনো হায়রোদনা ?

শে—অত্তুবুরো তামো ! ঐখোয়গী হৌজিক লৈমিন্নরিবা সাহেবসিগা লৈমিন্নবা ঐ পামলক্রবা অত্তুনা মখোয়না হেক্তিনবা ভম্লোইদবা মন্ত্রীগুম্বগী চম্প্রাসী ওইহনা লৈনীংলবা। অদো ট্রান্সফার তৌনবা তামোনা অমত্তা শীনবিয়ু হায়গে হায়ত্তুনা লাকচরিবা।

চীং—হৌজিক্কী সাহেব অসিগা লৈমিন্নবা পামদ্রে সিনিনে।

শে—পামদ্রে তামো। মসিদি সাহেবনি হায়বতনি মেমসাহেব-সিনা হায়রগা লোইরে অফ যত্তবা করিমত্তা খনবিপোৎ নত্তে। তামোস্তু খঙবিরিবা নত্রাও ? হিংচাবী লাইকোসী অসিনা হায়বত্তা অচুম্বনি খল্লি। কৌরগবু অজ্ঞা, স্যার হায়না খুম্মূ। খুমদ্রগস্তু পংচৈদা চৈ। মখোয়দবু" বামোনস্তু নিংথেমচাস্তু নত্তনা। সাহেবতবুদি স্যার মহায়গে খ্বাইস্তু হায়নবনিনা।

চীং—করিস্তু খল্লুহ্নুদা চাউজনীং মতৌরিবনি। সাহেবসিগা লৈমিন্ননীংদ্রবনি ঐস্তু নঙনা খল্লিবত্তুগা ঐনা খল্লিবসিগা চপ মান্নে। ঐস্তু ট্রান্সফার পাম্নবনি।

শে—তামোগা ঐগা পুল্লপ থোকমিন্নরসে। মফম পুন্না তামিন-নসিকো। ঐদি তামোগা পুন্না লৈমিন্নবা পামজৈ হায়বা।

চীং—নঙস্থু চংথোক্লীংলে হায়বসে ঐ খঙলে। করে অহুমঙাইরে ঐখোয় অনীগী ট্রান্সফারসে ঐ হোৎনরগে শোয়দনবা।

শে—তামো, জয় জয় খুরুমজরি। মঙ্গল ওইবিয়ু। থরদি থুজিনসিকো শেল চঙগদবা লৈরবস্থু তাকপীয়ু অঙম্বা থিজরক্কে তামো।

চীং—হেরা শেঙ্গোই নঙসিমা। ঐগীদি অমুকপু হায়থ্রবদি লোইরবনি শেঙ্গোই খঙঙু। ঐবু থাজো। অহুগনে শেঙ্গোই রাফম অমতদি নঙোন্দগী খঙনীংঙি। নঙনা শোয়দনা খঙলমগদবা।

শে- করি রানো তামো ?

চীং—কৈস্থু নত্তেদা। সাহেবকী মচান্থুপী লাংলেন্দো কদায় চংখ্রে নঙ খঙ লাকপ্রা ?

শে—ঐ খঙজদে তামো। রাফমহুমক তামোদা হংজগে অহুগা ট্রান্সফারগী রাস্থু হায়জগে লাকচবনি। লাংলেন্দুবু সাহেবমক্কা পোকপরা নত্রগা মীনাই মচা য়োক্তুনা থম্বরা ? থরা অমনা হায় মীনাই মচা অয়োকপনি, থর অমনা হায় অপোকপা মচানি, নুপী অহলনা পোক্লমবনি হায়। অপোকপা মচা ওইরগবু অস্থুক থীনা তৌবা হৌনদেদা।

চীং—অকোনবগী অহুনা অচুম্বনি। লাংলেন মীনাই মচা অয়োকপা নত্তে। মহাক কদায়দা চংখ্রবগে হায়বসে অসিনি ঐনা খঙনীংহুনা থিরিবসে।

শে—মানা মাঙথ্রিবসে ঐস্থু ঙকই। মখোয় ইমুংগী মীস্থু মাগী

মরমদা রা অমতা কাংথোক্লদে। ঙসি তরানিমুক্কী মমাঙদা থোদোক মচা অমদি থোকখি মুমিৎতুগী নোংঙানবদৈ মাগী মশক উখিদে।

চৌঃ—থোদোক্কো চিৎথদনা তম্মু মতুনি ঐনা তানীংতুনা ঙাইরিবা।

শে—ঐ ইস্মু ইকাইরবনে। তামো স্নুম তৌ জাৎনি। সাহেবকি মেমসাহেবসে ওস্থোক্লা ফৎখিদ্রে। মীনুংশি খঙদে চাবস্মু ফজখিদ্রে। মচাদমক পীজে। নোংমতা লাংলেনদো মপুক থন্না পীজদবনি অরেম অপা নত্তনা। মুমিৎ খুদীংগী তেক্কি অচৌবদো থন্নবা ঈশিং হোলহল্লি। মরুমদনিনা তামো-খোয়দি উরম্লোই। ঈশিংতু হোনবা মতমদস্মু অঙাং অমা মনমদা পোরিবনি। ঈশিং বালটিনতু হৈজিনকাৎত্রিঙৈদা করিনো পাখোন অমা হেক্তা হায়জিল্লকই। মমৈ মকোক খঙদবনি তামো। কোল্লিক ময়াম অমস্মু ফেংলিবা। ঙহাক্তা লৈতানা ফম্বা ফংজদবা। মাগী থবক অতৈদি ঐনা পাংঙ্বা য়াদবনিনা তাঙ্গা য়েং য়েংতুনা ঈশিং হোনবদি খরা খরা পাংবিবা। মতুস্নুনে হিংচাবীতু উথ্রবদি প্রমান তৌতুনা ঙাংঙি। মানা হায়রিবা মীনাইস্নুবীগী মচা অসিনা পাখংদা কেথ নৌথতুনা লাং থাক্লগা থবক পাংহল্লি কা হেক্তা হায়জিনবা, মচিন থীপ্রবা।

নোংমদি তামো হৌখিবা সেকেণ্ড সেটারদেগা থংনবা নোংমাইজিংদো নত্তে নত্তে লাল্লে ইরাই মুমিৎতুদা মুংথিল ময়ামদি পোৎথানরি মতমদো। লাংলেননা তাশেঙ্গোই

নঙ হৈ চানিংব্রা ? কফোই মেৎলিয়ে চাসি লাউ হায়না কৌরকপা। ঐখোয় অনী লাতোন অমদা হৈহু লো লৌতুনা চামিন্নবা। থোংনাঙদা হিংচাবী অতুনা য়েং লৈরম্বগী য়ানিসে তামো। অতুদৈ মানা মমিৎতা খানা য়েংলম্লগা শীংতুনা চঙখিবগী য়ানি। অতুদগী ঐখোয় অনীম্মু হীংচাবী লাইকোসী উখ্রে কমদৌনি লানজাও অমা থোকপ। তারে হায়তুনা ঐখোয় হৈহু চাবা লোইদনা অতুম য়োমতুনা খোংবান্দা হুনদোকখ্রে।

চীং—ইবুংঙো শেঙ্গোই নঙগী য়ারীসি য়াম নুংঙাইদৌরি। ঙসিদি নঙ সিদা চাক চাখ্রো হোরেন নুংদাংয়াইরম হল্লো। ছুটিনিনা অফিসম্মু কাররোই হায়বা। য়ারী মখা লীথরকউ শেঙ্গোই ইয়াম্বা তাগে।

শে—মতুগী নুমিংকী নুমিদাংদনি শাথীবা লান থোক্কদৌরিসে। হিংচাবী কোচাবী মমাসি অতুগা মহোয় পাবুং আধা-মোরাতুগা অনীতুনা শিন্ন শিন্নতুনা অহীং চুপ্পা ফূবিবগী য়ানিসে। করিনো তামো চৈফু জাৎ অমনিনে। শেৎ শেৎ কনবগী মখোলদো চৈনাখোলদো ঐঙোন্দা ফাওজাৎনি। অদৈ ঐনা থোঙ অহোবদা লোন্না য়েংবা। য়াগদি মমাশিনা হৌরগা মেন থাবদি মপা সাহেবনা তাবিয়োবা তামো।

চীং—তারিনে। প্রমানকাদি শেৎলিহায় শেঙ্গোই ইবো। তমথরকউ তাসিনে।

## ( ৪ )
## ক্লাস বেগ হোৌবা

সিজা—মাই পাবুং !

লাকপা—কৈদৌরগে ? নঙনা ঙসি ফি ফি কামতুনা লৈরম্মীসিবো ? করি তৌরে অমুক।

সি—লোইরবনে লোইরবা। ঐখোয় মীমাঙ ফম্বা শোয়দ্রবনি।

লা—ব্লারোলতুবু করিনো হায়বা ? মরোলদি ইহায় হেক হায়দে। চাতুম কপ অমতা হান্না থকখিসি। অফিসতনা মরোল অমা সিদম্মু অমুক ঈশৌ হেক্তা লাং লৈরম্মী। ঐবু পোৎথাফম খঙদ্রে হায়বা।

সি—ঙসিদি চা-কা অমতা থকউরম্মু। লোনবীনবা লৈতে। ঐম্মু লোনবা য়াদে। নচা মুপীনি হায় লৈরিসিম্মু মখুৎ চানীংদেয়ে ঐদি। নচানিনা নঙদি চাগে হায়রম্মু চাউ। ঐদি চারোই।

লা—অতুবু কৈদৌরবগে হায়বা ?

সি – চম্প্রাসী শেঙ্গোই হায়বসিবু অা লরাই লোইয়া লমদৈ নত্রাও ! নচানুপী ইবেম্মা থোইবী অসিগা হৈ মেৎতুনা লাতোন অমদা হাপ্লগা চামিন্নেয়ে ইন্নদনা। ইমাইপেম্মা ঙমখ্রেদা। শেঙ্গোই হায়বসিদা নচানুপীসে কোক চোম্থাকখ্রো করি ওইনি। শোয়জনি ব্লারকচহৌ। তৌরম্মীতুবু ফজরিব্রা হায়বা, মীনা উখ্রবদি।

লা—নঙদি মতু উরগা করিমতা হায়দ্রাও ? নচানুপীতু ফুতুনা

চৈত্থুনা ৱারকপা য়াদ্রা হায়বা ? নঙনা নমিৎনা উরমক্তদা তুমিন্না লৈথোক্লগা ঐঙোন্দা শৌরিবু করিগীনো ?

সি—হীঃ ই ওকচরেদকো। ঐনা ফু-চৈ তৌরবদি অউবনা অতাবনা মমা পোক্তবীনা মপা লৈত্রিবৈঙদা হা ফুবিরে চৈবীরে ওৎপীরে নৈবীরে হায়দৌরিবা। মপানি নঙ ৱারকচৌ হায়বিবনিনা কন্নিনো।

লা—মাদি কদায় লৈ ? হায় লাংলেন ? সিদা লাউ ?

লাংলেন—করি হায়গে পাবুং ?

লা—নমাসিনা হায়রিবসি চুম্বা ?

লাং—ইমাসিনা করি হায়রগে ?

সি—খঙঙরোই খঙঙরোই। তুমদবা মী হৌদোকপা লুবনে।

লা—নঙগা শেঙ্গোইগা হৈ ইন্নত্থনা চামিন্নৈ হায়নে চুম্বাও ?

লাং—পাবুং ! ঐনা হৈ চারিবৈঙদা তাশেঙ্গোই চঙলকপা অত্থুদা ঐনা তাদা নঙ হৈ চানীংদ্রা হায়না হংবদা মানা চানীংঙি হায়ত্থুনা খিত্তং লৌত্থুনা চাবনে। অদে হেনবদি ঐ করিমতা খঙজদে পাবুং।

লা—কনানা চুম্বিবনো ঐ ভাব তাদ্রে হায়বা।

সিজা—তারোই তারোই সূপতা হেক তারোই। ঐনা হায়ববুদি অতোম্বীনিনা কদাই থাজনি হায়গে। হুরানবদা হুবরা হায় হংলগবু হুই হায়রকদ্রাও ?

লা—মেম্মা ! নচিন চুম্ম নত্রবদি চৈ চাজনি।

লাং—কৈস্নু তৌদেয়ে পাবুং।

সি—করি? চিম্থিবী নঙনা শেঙ্গোইদা হৈ অমেৎপা ইনবচুদি? ইম্বিৎসিনা উহৌরিবো।

লাং—ইমাসি!

লা—মসি অঙাংসে মমা মপা য়োনবা থবক হেক (চৈনা শেৎ-শেৎ থাবগী মথোল)

লাং—শিরে শিরে অয়ো। হিংচাবী চিম্থিবী নঙনা ওইদবা রা পাবুংদা তমশিন্দুনা ফুহল্লিবু করিগীনো? জগোয় শাবী চিম্থিবী! ঐবু শিবা কিনি খনজরিব্রা?

সি—অচা-চা কয়াদনোনেসে। মপাগী মমাঙদদি ফুবা য়ারে। ঐস্থু য়াওনা ফুথিগে। হায় মীনায়মুবীগী মচা শোরেল! মমা মপাগী চিম্থক্তস্থ খুম্বা শাইনে। মচিনসিদা খুপাকসিনা পেন্না থাখিগে (খুপাক্লা থাবগী মথোল) থুমখোদনা থুমখো হায়বা। খঙঙব্রা অঙাং মীঙম্বী তৌঙম্বী। মসি ফক্লাংসিগা পান্নবু কাওশিনখিগেনে। হায় মপা নঙদি কিদুনা চেল্লবরা? চেনখিম্নু থোকখিম্নু খুৎ পেন্না ফুগে য়েংজৌ থোকখিনো, থোকখিনো হায়রমক্তদা।

লাং—হো অবোক! অবোক নঙনা ঐবু করিগী হিংচাবী অসিগী মথুৎতা শিন্নরকলিবনো? অবোক ঐবু শিবা তারে ও অবোক!

সি—কৌ কৌ থুম্বীরক্লনি নবোক শিগৈচন মাইল কুন- কুস্থ। লাপ্না লৈবদুনা তারনি কৌরিদো। নঙদিনে ঙসাই শেঙ্গোইগা হৈ লাতোন অমা চারবনিনা নবুক্তো থল্লরিনি হায়বা

অচুনে ঙসি মুংদাং অসিদি নঙ চন্না হেল্লো। থোঙ লোনশিনজহৌরোহৈ। শেঙ্গোই কৌরুখিগেন্না ?

## ক্লাস বেগ লোইবা

### (৫)

শেঙ্গোই—তামো ওম্মোক্লা মুংঙাইখিদ্রে থীনা ফুবিগ্রবা। ঐখোয়না চঙচুনা খাম্মুবস্মু য়াদা খুংশা প্রোক প্রোক থেকনা খাংবনি। ঐদি চুন্না ইচল অমা ওইনা খনজবনি। তামো (হীক হীক কপ্পুনা! ঐখোয় ইমাগা পাবগনা ঐখোয় নীপা অচুম পোকই। ঐনা ইতোন তোনবনি। মুপী অমতা য়াওদবা, ইচনস্মু ইচেস্মু লৈজদবা। ইমুংগী কোল লীক ব্রাইরম ঐনা শেংই। অচুনা ঐনা ইচনমক্লি খঞ্জবা য়ান্না চন্না। অচুদা কোৎচাবী মেম সাহেবতুনা ওইদবা ঙাক্না হায়জিনবা শাউনীংখ্রে তামো। অচুগনে তামো মুমিতুগী নোংঙাল্লকপা অয়ুক্না ঐবু মানা মমিৎ খানা খানা য়েংঙিবা। ঐ লৈবা য়াম মুংঙাইত্রজাংনি। অচুনা ট্রান্স-ফরদো তামোনা শোয়দনবা খন্না কো তামো। অহীং অচুগী নোংঙাল্লকপা অয়ুক্কুগী লাংলেনগী মশক উবা অচুম ফংখিদ্রে। ইচন্দো ব্রানা খাংজরমখ্রবনিদা। মহাকপু কদায়দা লৈ-রমগদগে শিরম্মদ্রা হিংঙমখিগদ্রা সংসার অসিদা মাবু লৈরমখিগদ্রনে ? খঙদ্রেদো।

চীং—ব্রারুমুদা শেঙ্গোই। মীবু পাক ছেক শিবা য়াই হায়ব্রাও? মহাক শিরম্মোই হিংলমখিনি। শোয়দনা হিংলমখিগনি।

( ৬ )

চীং—অবোক করিগুম্বা অমতা হংজগে ?

অবোক—ইবুংঙো ! কনানো নঙবো ? করি হায়বগে ?

চীং—ঐহাক ইম্ফালদগীনি। ওজা লৈশং যাত্রা ম্নারী লীবগী শঙ্গায়বু সি ওইরবরা ?

অ—মানি মানি ইবুংঙো। অছুবু নঙ ওজাদি থুপখিবা কুইরেদা। করিগীনোনে ইবুংঙো নঙ ওজা হংববো ?

চীং—করি থোইদোকপা ম্নাফমগী নংচদে অবোক চুম্না ওজাগী শঙ্গাই খঙজনীংহুনা।

অ—ইবুংঙো নঙবু ইম্ফালদগীনি হায়বা ?

চীং—অহোয় অবোক ঐ ইম্ফালদগীনি।

অ—ইবুংঙো নঙসে ইম্ফাল মচা মান্দেনহে। ইম্ফাল মচানা হংলবদি হায় হন্নুবী ! ওজা লৈশংগী ময়ুমলা সে কা হায়হুনা ইলাক হেক লাকথুনা হংগদবনি। হৌজিককালগী নহারোলসে থকসী খাসী নাইরক্লেনে ! ইবুংঙোগী ম্নাঙাং ম্নাহং মতাসিনা তাকপদি ইবুংঙোদি অহল-লমন কৈরাক থাবগী মচা মশু শোয়দনা ওইরমনি। ইবুংঙোনা লাকপবু করিগীনো ?

লাং—হাইমা তামো ! কৈদৌ লাকইবা ? থাজদ্রেদা মঙদৌনা ঐ অবোকী মনাক্তা লৈপ্রে হায়দি তামোদা কনানা হায় ?

অ—ইবুংঙো নঙ লাংলেনগা ম্নারী তৌহৌখো। ঐ ইনশাং মখোঙ পেংলুখিগেকো। ( হায়রম্মগা থোকখি )

চীং—কনাম্ন হায়দে। ইতোমতা খঙজবা।

লাং—অছুবু কৈদৌ লাকইনো হায়বা? পাবুংগা ইমাসিগনা ঐবু কৌরুচো হায়ব্রা?

চীং—হায়দে। ঐনা লাকইসিদি ঐগী থরায় থিবা লাকপনে।

লাং—করিনো তামোনা হায়রিদুবো। ঐ ভাব তাদে।

চীং—থরায়গা হকচাংগা থানবা য়াদেদনা। ঐগী হকচাংসিনা ঐগী থরায়বু থিরক্লিবা।

লাং—তামো! নঙ কৈদৌরে ঙাওরবরা? অর্থ খঙদবা ভাব তা ঙমদবা ব্রা ঙাঙলিসিবো?

চীং—ঙাওদেদা। ঙাওরগবু সিদা স্থম্না লাকদরাও?

লাং—ঐখোয় পাবুংখোই ইমুংদো কমদৌহৌরি। ঐ লৈত্রবনিনা ইমাসিদো ব্রায়ম্মনি। মচা ময়ামছুগা ব্রাজসমু হীংচাবীদো। তামো ঐবু ফুরকপগী চৈফম ময়াম খাম খামছুনা লৈরিসে য়েংগেরা? থীনা ফুরকখ্রজাংনি। সে য়েংঙুনে?

চীংখৈ - ইস্! করিগীনে মহোয়না ইচলবু স্নক থানা ফুত্থনা তাম্বোকপীরকইবো?

লাং—মহোয়না তাম্বোরকপা নত্তেদা ঐনা লৈনীংঙক্রুছুনা লোম্না চেল্লকপা নোংঙাল্লমদাইদা।

চীংখৈ—অদো নঙনা নখোয়গী পাবুং চীংখুবা যুবরাজগী শঙ্গাই শারংম্নুংদা লৈবা কাখ্ পোন অছুদগী পোম্বীনা মজা ইবেম্মা লাংলেন থোইবীনা করম্না নাম্বোক্তুনা মুংশি লমদমসি য়ৌনা পাইরকপানো হায়বাদো তম্মো। ঐ খঙনীংঙে।

লাং—অচু দি করি হায়রিনো ? ঐবু মোইরাং থোইবীগী রাম্বী লীয়ো হাইরিব্রাও ? তামো নঙ মোইরাং পর্ব্বগী রাম্বী তাস্ত্রিব্রা ?

চীং—নত্তেদা। নঙনা করম তৌচুনা নহোই পাবুংগী য়ুমদগী চেল্লকইবনো মচু তম্মো হায়বা। ঐনা লাকইসে মচু খঙগে লাকইনে।

লাং—অচু খঙলগা তামোদা করি কান্নদৌরিবা ?

চীং—মরম লৈ। কোন্না হায়গে। ঐনা হংলিসি হান্না তমখো। কান্নদোবা লৈদনা হংঙিনে।

লাং—কাইদামনিনা সিদি, তামোসে য়াম নোক্লীংঙিবো। হোয় হোয় তম্মগে। মহোয়না ফুবা অহীংচুদা ঐসে য়াওন য়াতাবা য়াদে হায়বা ফম্মুংদা হিপ্পগা ঐনা স্তুম স্তুম খনবা

( ৭ )

## ক্লাস বেগ হৌবা

লাং—ঐসে মীনা হায়নরিসি চুম্বা তারে। অয়োকপা মীনাই মচা শোয়দনা ওইরম্মনি। নক্রগবু স্তুক থীনা তৌগদরা ? কান্নদে সিদা স্তুম. লৈরবদি ঐ হিংঙরোই। অবোক্কী মনাক্তা লৈরুরগে। ঐবু স্নুংশিনা লুনা তৌবদি অবোক নত্তনা কনাস্তু লৈতে। ঐসিবু কনাই মচানোনে ? অবোক্কা ঐবু পোকপা ইমা লৈরি হায়কো। লৈরবদি লোম্নবু ওইরবস্তু ফোংনবু ওইরবস্তু নোংমতা লাক্কুনা হংলব্রিবনা করিগীনো ? নোংমতা লাক্কে ঐবু থিরদে হংলদে।

নমাদো শিগ্রে হায়রবদি ঐনা মুংঙাইখিরোই হায়তনা অবোক্না হায়জিল্লিবরা? অমবু ওইরবস্মু অমবু ওইরবস্ম ঐ চেল্লগে লোম্না অদুগা অবোকী মনাক্তা লৈরুরগে। গেটতি লোল্লি কয়ম্না চংকনি? চোংখৎতুনা কারগা চৎপস্মু ঐদি ঙম্লোই। অদুদি কমদোৌবা তারে? কা কা বহাদুরদা কপ্তুনা হেক্তা মহায়রগে। মাবু য়ারক্কদরনে? য়ারক্কনীদা। মাইস্মু মচানুপী ঐগুম্বী অমা লৈহৌই হায়কো। ঐবু উরগা মচানুপীদু নীংশিংলকই হায়তুনা মপি ঈরা চেল তাল্লক য়েং ঐঙোন্দা তলকা হেক হেক পীজৈনা মাস্মু ঐবু লূনা তৌবা মীনিনা! য়ানিদ।।

( থোঙদা তেক তেক কাপ্পগী মখোল )

বহাদুর - কৌন হায়? কৌন? কনানো?

লাং—কাকা! কাকা! লাউগনো ঐনে। লাংলেন্নে লাংলেন।

বহা—কৈদোরে?

লাং—কৈস্মু তৌদে। কাকা মী তাখিনিয়ে তুমিন্না ডাংঙো। ঐবু নচামক্কি খনবিয়ো কাকা ঐগী ইতেং খরা পাংবিয়ো। ঐ চংখ্রগে পাবুংগী অসিদা লৈরবদি ঐ শিবা তারে। ঐ হিংঙরোইয়ে কাকা। ঙরাং মুংদাং হিংচাবা হিংচাবী অনীনা ফুবদো ঐবু. কাকা নঙ তাদ্রা হায়বা? থীনা ফুগ্রে য়েংঙু লৈরি চৈফম ময়ামসে।

বহা—ইস্! করি তৌরে সিদে। মখোয় কত্তে। মুংশিবা খঙদে। নঙ কদায় চৎকে?

লাং অবোক্কী মনাক্তা।

বহ—অবোক্তি কদায় লৈ ?

লাং—অা লরাইদা। ঙরাং নুংদাংদো চাকস্থু পীজদেয়ে। ঐ চরা হেল্লে। পুকসিস্থু থবৎ তৎলবনে। অহীং চুপ্পা ঐ কপ্তুনা লৈয়ে নোংঙানবা ঙাইহুনা। মখোয় কনা অমতনা ঐবু হংলক্তে। হৌজিকস্থু মখোয়দি গেঃ গো নাখোক্তুনা তুমহৌরি। গেটসে খরা হাংদোকপীরো হায়বা কাকা ঐ চেনগ্গে। পাবুংনা হংলগস্থু কাকানা তাকথোকপীগনো। গেট হাংবিয়ো।

বহা—নোংদি ঙানগদবা খরা বাংলি। নঙ লম্বী চৎপা কিদে ?

লাং—কিদে।

বহা—ঐস্থু ঙন্না হৌগৎপা চা থক্কে তৌবা। তল অনীথক্তি হৌরে। খরা য়াম্না হৌরম্বা ফবকো। তলসি চাখো চাস্থু থকখো অতুগা চৎপা ফৈ। খরা থক চারগা চৎপা চুম্মী হায়বনিকো ইচানুপী।

লাং—চা থক্তুনা লৈরবদি মখোয় হৌগৎলকপনা হাল্লনি হায়বা উথ্রবদি চৎকে হায়বা য়ারোইয়ে কাকা।

বহা—অতুদি তল অনীসে য়োম্বীগে পুখোকো। লম্বীদা চাও গেটপুদি হাংগেদা লাকও লাকও চৎলরো। নখোঙস্থু পৈনা পৈনা থাংবদি করি তৌরে। পোৎ ময়োমসি পুরগা নঙবু চৎপা ঙমগনি ?

লাং—ঙমনিয়ে কাকা। ময়োমসে ফি ঙাক্তনি ঐগী শেৎন-চানবা। আদা অবোকীদা লৈরম্মোই হায় পুরিবা। কৈস্থু লুমদেয়ে।

বহা—নখোঙতুদি কৈদৌরে? থাবা য়াগ্রে?

লাং—ওরাং হিংচাবী অসিনা ফক্লাংগা পান্নবা খোঙপাক্লা কাও-শিল্লিবা অত্থদা থুকউসে শোকপা।

বহা—কদায় ঐ য়েংবিগে?

লাং—সে সিনে তো য়েংঙো।

বহা—সিদি উনশা লোইনা খোকখ্রে। য়াম নায়মললি। ওহাক্তা ডাইখোকো কাকা হিদাক তৌবিগে। হিদাক তৌত্রবদিকো নখোঙত্থ থাংবা য়ারোই। হিদাক লৌথোকলুগে ওহাক্তা ডাইখোকো। সে সে নফিদো তাখৎলু কাকা তৈগে।

লাং—ইস. থুপখ্রেদা। কাক। য়াম থুপ্লিবো ইস।

বহা—হুজিক থুপ্লা। হোরেল ফবা থাংঙু। হোয়েনদি শোয়দনা ফরগনি। ইচামুপী. কাকাদিকো নঙ হেক উবগা ঐগী ইচানুপী নীংশিংলকপা। নঙমুক চাউরম্মনি। হন্দক থাগী তারিখ সুদৌরেকো ঐ পৈশা পায়দে শেল লোইখ্রে। লুপা ৫ সি থক্তং ঐগী খরশা লৈরি। মসি নঙ পুখ্রো। বস তোংলবসু পৈশা চংঙে। করি পোৎ অমা লৈ চাগে হায়রবসু পৈশা চংঙে। সে লৌসে ইকাইগনো।

লাং—কাকা!

বহা—লাকও লাকও গেট হাংলগে চৎলরো। সাহেবনা হং-লক্লবদিকো নঙনা গেট হাংদোক্তুনা মুপীমচা থাদোকখিব্রা হায়রক্লবদিকো শোসে লংশিল্লগা ঐ চৎকনি। ইচামুপী নঙ চৎলোকো কাকা লৈহৌরগেকো।

লাং—কাকা ! কাকা !

## ক্লাস বেগ লোইবা

### ( ৮ )

লাং—তামো নঙনা ঐগী মরমদা স্কুক য়াম্না খঙনীংলিসে করিগীনো ?

চীং—মরম লৈয়ে। হৌজিক তাকথোকপা য়াদ্রি।

লাং—তামো ! ঐগী হকচাংদা মুস্কুক মুস্কুক মুনা চৈকম ময়াম থামহনা লৈরিসে মসিবু কোক্লরোইদ্রাও ?

চীং—মরাইনা কোকচরককনিদা হয়েংমুক লাকপদা হিদাক লৈবিরক্কে মহু তৈরবদি হেক্তা কোকথিনি রারুমুদা ঐ লৈরিসিদি। ঐ লৈরিঙৈদা লাংলেনথোইবীনা করিগী রাজরুগদগে ?

লাং—হাইখ্রা তামো ! ঐগী মিং থোইবীসু কোবনে। অবোক্লা থোনবীবা। তামো কম হায়না খঙভি।

চীং—নঙগী মরমদদি ঐনা খঙদবা লৈরোইয়ে।

লাং—তামোবু মাইবী চঙলবরাও হা ?

চীং—হোয় নঙগীদমক্তি মাইবী চঙলে হায়বসু য়াই। নঙবু পাবুংগীদা হল্লরোইদ্রাও ?

লাং—তামো ঐ চঙঙরোই। পাবুংগী মনাক্তা সুপলে লৈমীংদ্রে। ঐবু পোকপা ইপা নত্তমাল্লে ঐ চিংনৈ। অপোকপা মচা ওইরগবু অস্কুক থীনা তোগদরা। ঐ থাজদে মীমাই মচা অয়োকপনি হায়বদো শোয়দনা ওইহ্নমগনি মত্রপবু।

চীং—অদুদি নহোয় অবোক্তগী অশেংবা অমা খণ্ডদোক্লসি, অবোক্তি শোয়দনা খণ্ডলমগনি। হো অবোক, মাঙ্গোলসোমদা অমুক্তা লেণ্ডখোকপীয়কও করিগুম্বা অমতা হংজগে।

অবোক—হা করি হায়বা ? করি হংগে হায়বা ? ( ইমুংদৈ খোরকই )

চীং—অবোক নশূ মুপীনা মহাকসে মহোষ্ট পাবুংনা পোকপা নত্তে মীনাই মচা অয়োকপনি হায়রিবা। অদুদা ঐনা ওইরম্লোই অশেংবা অমা অবোক্তগী খণ্ডদোকসি হায়নরিবা অদুগীনি অবোক।

অ—ইবুংঙো অপোকপনি। ইচামুপা সাহেবতুনা হেক পোকচবা অহানবা কন্যানি। ষষ্ঠিকাদি করি হংগুনি বাসোক অনী ফাংনৈ। ময়াম্না যেংনীংঙি হায়তুনা মুমাং লীলাকাম্ভ তৌখিবনী। ঐদি মতমতুদা হায়জখিবনি—নহোয়বু হেনমল্লি হায় খেনম নমতুনা তোক্লরনি হায়না। হৌজিক্তি ইগুসে কয়াদা বু না পিদোম্না লৈরবনোনে।

চীং—অবোক করি তৌবদগী অবোক্না খোইবীগা সিদা লাক্তুনা লৈখিবনো ?

অ—নচন মুপীবু পোকপা মমাদো মহৈ ম্লাম্না হৈবীনি। লাই-রিক্তি থোইবী মপাদগী চহী অনীগী হায়রা অহুমগী হায়ব্রা হেল্লি হায়নে। অঙাং পোক্লবা মতুং চহী ওল্রি হায়বা নোংমা হৌজিক নহোয় সাহেবকী মেমসাহেব হায়দাইনে পাম্নতুনা লৈরিদো পুশিল্লকই। জগোয় শাফম্নদা শেল থানৈ লক য়েংনৈ অদুদা ভমতুনা চেল্লকপনি হায়নখিনে।

অবোক ভাব তাদে। অদৈ খর লৈরগদি থংনরক্লে ফুনা চৈনা তৌনরক্লেনে। থোক্টবী মমাদো খাইনথ্রে। হীরম্বী অতোম্বীহুনা লৈহৌরে। ইম্নুপী থোইবীবু ঐনা নাও-কোলহৌরে। মমাহুদি অঙাংসে পীক্লি মতম খর কোনজরুখিগে হায়জবনি। মপানি ঐনা য়োকহৌগনি হায়হুনা মথাদগী অঙাংদো শেংহুনা মুলহৌরে। মমাদো কপ কপ্পুণা চংখি। নীংশিংলুরগা থোদোক্কো ইবেন কপ্পীংলকইদা। ( কপ্পা মপি তৈথোকপা )।

মথংদদি হীরম্বীহুনা ইশু ইবেনবু ওংপা নৈবা হৌরকই। খাঙবা রারকই। নহোয় সাহেবতো ঐগীদি ইচানিদনা অহুবু মমা মশক খঙখিদরে। নুপী অতোম্বীহুগী খুদোম্বীদা লয়হুনা পুখ্রে। ইস্থূ ইবেন খাঙবা ওম্নক্রহুনা ঐনা ইস্থূ নুপীসি পুহুনা লাক্লগা নঙ ওজানা থনম্বা য়ুমসিদা লৈরখি। ইবেন্না মহৈ মশিং খরা তমহন্দবদি ফত্তে নচম্নস্থ তম্নীংঙি হায়হুনা অা চীংয়াগী স্কুল অসিদা কাহনবনি। মঙাশুবগী পরীক্ষা পীরমদাইদা মমাতোন হীংচাবীহু লাক্নুনা মপাবুংনা লৌরুচো হায়হুনা লাক্লীবনি। জীব গাড়ী অমদা সিফাইকা পুরকই অহুগা ইবেনগী খুংতগী নমহুনা নচনবু মুন্দুনা পুথি। অহলগা ওইরে গতি উপায় লৈখিদে। নচম্না কপ্পুনা ক্রং ক্রং চোংহুনা অবোক অবোক কৌ কৌহুনা চংখি। নুপীহুনা ময়াদা ফিবুল নম সিফাইশিংহুনা জীবতা হাপকংখি। ইবেনদি নীংশিংলুরগা মুংঙাইখিদ্রেদা। পেনখিদ্রেদা।

ইমৌ মুপী অহলদো মবুক ফবনিদা হৌন লোনচৎ ব্যবহারনা ফজরিবা। অতোম্বী অচুগী রাদি পনবু পম্নীংদে পম্নুরগা চিন লৈবু কেনগদবা মাল্লিনে। মাই রাদি পম্নরোইদা। মাগা লৈমিন্ননীংদচুনা লৌরাইসিদা চমফুৎ চাচুনা ঈংনা লৈজরিবসিনি। ইবেনবুদি অহল ওইরে ইমং খুৎনা লাম্বা ফংলেদো নচনগীদমক্তি ইবেন রাদবা ওমদেনে ইবুংঙো।

চৌং—অবোক নম্থ মুপীগীদমক্তদি রারুরগমু। ঐখোয় খ্বাই লৈরিদনা।

অ—অচুদা ইবুংঙো! ইবুংঙোগা হেক পোকমিন্নবা নচনমক্তি নত্তেদো। তৌবগীবুদি নহোয় সাহেবতো ইপুক্তগী থোকপা ইচানিদনা অচুবু ঐবু লৈহন্দে তাম্বোরকইদনা। ঈগী মরী লৈনবা ওাক্লস্ম মুংশিনবা নত্তেদো।

চৌং—য়াম্না চুম্মী অবোক! অবোক ওসিদি ঐ য়ৌজগ্রগে। হয়েং অমুক লাক্কে। অবোক করি চানীংবগে চানীংবা অমতদি তাকপীয়ুদনা ঐনা লাকপদা পুজরক্কে?

অ—ইবুংঙোবু অমুক লাকখিগদরনে?

চৌং—লাকখিনি অবোক। ছুটি হেক থোকপগা ততনা লাক্ক-দৌরিবনি।

অ—অচুদি ইবুংঙো! কৈশামপাৎকী বামোনমুবী পয়েং ফমচুনা বোরা য়োল্লিবদো মখোয়না য়োনবা বকৌরাগা পাকনমগদো হাউবনিদা। ইবেনদি মচু চানীংঙিনে।

চৌং –মথং লাকপদা শোয়দনা পুজরকে। অবোক চৎচরে।

অ—য়োঁয়ো য়োঁয়ো! মুংশিদা।

লাং—তামো ঐ খোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকে।

চৌং—ঐদি নঙ থিন্দোকপা খোরক্লরোইদৌবোই নীংহুনা মুংশা থীক্লরেদনা।

লাং—করিগী থিন্দোক্তনি হায়গে। ঐদি য়াম মুংঙাইত্রেবে। তামো।

চৌং—কৈদৌরগে?

লাং—মুংথিল। মুমিৎ চুপ্পা অমা রারী শাহুনা লৈববু তামোদা করিমতা পীজদবসে অহুই মুংঙাইতবা, সিদদি কৈস্নু ফংদেয়ে চা-কা অমতা থক্কে। ঙসাইনে আদগী চৌংমান্নসে হৈয়েল য়াম্না পাল্লি হায়বা ঐনা মশা ১/৩ থেক্লকপা মহু লাতোন অমদা চাকখুমাঙদা খীকথরিঙৈদনে তামোগী খোন তারক-পদৈ অহুম খোরক্লবা। মহু লৌক্লগে তামো চাগেরা?

চৌং—ফৈনে। লৌক্লরো মদো ঐস্নু চানিংঙে।

লাং—হৈনগত্রনে?

চৌং—করিগী হৈনদনি হায়গে? নঙনা হৈনবা পোৎপু ঐনা হৈনদে হায়ত্রাও?

লাং—অহুদি ঙহাক্তা ঙাইরমখো লৌক্লখিগে। (হৈ পুহুনা চেল-লকপা) চা চাহুনা থোকখিনবা হায়হুনা য়েন্দেম মনাদা থুম মোরোক য়াওনা য়োম য়োমহুনা পুরক্লবনে। ময়োম মরীনে ঐখোয় অনীগী অনী অনী। সে।

চীং—কদায় পীরো চারগে। সুম হায়না চাবসিদি য়াম হাওইনা।
লাং—নোক্করিবরা তামো চা পীথক্তে হায়ক্তুনা। লৈজদক্নুনা তৌবনে। হয়েং ঐনা ইনাক খুল্লগা পীথক্কনিদা।
চীং—ইনাক খুদ্রিভৈদস্সু চাদো থকনিয়ে। মথং লাকপদা চা চিনি শঙ্গোম পুরক্কনিয়ে মুমিৎতু য়ৌত্রিক্কাওবদি ঐস্সু চা হেল্লগদবনে ।
লাং—করিগী হেনগদৌরিবা ? ঐখোয়দবু লৈজদবগী থক্কবনি।
চীং—ঐগীস্সু লোনবীনবা লৈজদবা।
লাং—তামো নঙনা ভাঙবা ৱাসে পাউখোংদৌনা লোইনা তৌই। ঐ ভাব তাদেবো।
চীং - পাক হেক তারোই। থরা লৈরগা সুম তাজরক্কনি। ঙসিদি ঐ য়ৌগ্রগেনে। নঙ লৈহৌরোকো। থরায়দি লৈহৌবা তারেদনা। মথংগী থাংজদা অমুক লাক্কে।
লাং - তামো ! চৎলোকো।

( ৯ )

লাকপা—সিজ্জা ! তারিবরা ?
সিজ্জা করি হায়গে ? ইস্সুক সুকথনা খুৎপুন্দুনা ফম্নম্নিবু কৈদৌরগে ?
লা—দশা অমা তারেনহৈ।
সি—করি দশানো ?
লা—ভিজিলেন্স কেস অচৌবা অমা ঐগী ইথক্তা লাক্লে।
সি—হা ? কনানা করি হায়জিন্দুনা তৌরকইবা ?
লা—থঙদে ঐ জ্ঞান তাদে। কোকসে উক্কক লয়রে। থনফম

থোক্কে। মসি মরী মখোঙ য়াম্না মুম্না খঙবা মীনা তৌরকপা মাল্লি। ঐখোয় অফিসকী মনুংগী মী য়াওরমগন্না চিংনৈ।

সি—কমদৌনি অহুদি? শেলনা মেনবা য়াররোইদবা জাংলনে?

লা—খঙদে। মীঙোন্দা হায়দোকমু। অঙাংশিংসু তাহনগমু।

সি—হৌজিকপু করম তৌবা তারিবগে হায়বা। ঐগী মিৎকা পাম্বোমগা চোংবসে ঙসি ৪/৫ নি শুরবনে। কৈনোমা শোয়দনা থোকপা তারে হায় চিংনরম্বনি। পাউসি তাগদবগী ওইবা তারেদনা।

( ১০ )

( থোঙ্গালদা হোর্ন খোংবগী জীব খাম্বগী মখোল )

লাংলেন—থোঙ্গালদা গাড়ীগী হোর্ন খোংবগী মখোল তায়। কনানো য়েংগে হায়দুনা চেম্থোরকইবা। তামো ঐখোয়দা লাকইবরা?

চীংখৈ—নহোয়দা লাকপা নত্তদি কনাইদা চৎলুনি। কোম্থোংজৈ-শিংদো খরা শৎতোকউ গাড়ী থৌজিনগে সুমাং য়োনবা। নঙদি ফিদোম চিংথতুনা শেৎপা য়াম পকচৈন:। ফজবা শাবানদো ফজনা উরে হায়বা।

লাং—তামোসিমা ইকায়জখ্রে। ফি ইনবা নংঙক্কতুনা তৌবনে। ঐ চাকথুমদগীনে।

চীং—ফি ইনবা নংলম্ববদি নঙগী শুমহৎনীংঙাই ওইবা ফজবা

শাবান্দো উবা কংলম্লোইদবা ইনবা নংঙক্কবনা ঐঙোন্দদি করিবা। লাকও লাকও খোঙ্গালদো লোনশিল্লমলো।

লাং—তামো ঙসিদি করি করিনো য়াম পুরকইনা। কনাদা পীরুদোরিনো? ঐ ফুরিৎ লিংশিন্নুগে কিসু ইন্নুখিগে। তামোদি হেক্তা নোক্লে।

চীং—নোকদেদা চুম্বা কজে হায়বনে। অবোক্তি? চাক চাপ্রবরা?

লাং—অবোক ইরুজখি। ঐনা ঙসাইনা চাকথুমদগীনি হায়রুখি। চাক্তি লোইরে। চাত্রিয়ে। তামোদি চাক চারুরুবরা?

চীং—চারকএ। অয়ুক ঙন্না হৌগৎতুনা ঈরু মায়থজরে চপ্লোম্ন চবা খিনজিন্নে অহুগা চাকঙন চারগা লাক্লিবনে।

লাং—লরাই কুম্মুদোরি হায়রুনা চাকঙন চারিবনিনে নংত্রা?

চীং—মানে মানে। টিফিন কেরিয়ারদো অতুদা অবোক্তী পকৌ-রাগা পাকনমগা য়াওরিবনি বামোনম্নুবীদা শীংতুনা ঙন্না হৌহল্লগা ঙাইতুনা পুরক্লিবা। ফোং ফোং শারমখিনি য়েংঙু। অবোক ঐ লাক্লে। অবোক্লা পকৌরাগা পাকনমগা হায়দো পুরক্লে। ইরুজরগা ফিশেংকা শেংতুনা পুরক্লিবনি অবোক্লা চাবা নংনবা হায়রুনা।

অ—ইবুংঙোদি জবান ঙাকপা লুপানিবা মী ওইনি। ইগুনা পুরকপা পকৌরাকো ঙসিদি পেল্লা চাগে। খোইবী লাকও লাকও চাক চাখোকউরসি।

লাং—অবোক ফোং ফোং শারিরে লাকও অবোক। তামো। অমোদি চারকএ হায়রাই?

চীং—ঐবুদি চারগা লাকপনে।

লাং—থওক্নে। ঐখোয়দা চাসি হায়রকনি ইনশাং হাওরোই হায়দুনা চাখোল্লগা লাকপা ওইরিনি। হায়রক্লোইদা। লরাইগী ইনশাংদি হাওত্তবনে।

চীং—মদুগী রা নত্তেদা।

লাং—অদুদি ঐখোয় চাক চারুথিগে। অসো লোংথাবিরম্মু। (সি সা সি সা তৌদুনা থোরকপা) পুরকই ময়ামসিদি কনাইনো তাসো?

চীং—কনাই খানগে?

লাং—থওদেবো।

চীং—নওগীনিদনা। ঐনা নহাল পুরকনি হায়রম্বুদি মত কাউরং থরাও?

লাং—কাউদে। করিগী শুক য়াম্মা?

চীং—য়ামদেদা। সিনা চিনি, মরোমসিনা চা মনা, সিনা শদোম কৌবা সে লৌশিল্লো।

লাং—তাসো তৌরকইসিব করিনো?

চীং—কৈদৌরগে?

লাং—অবোক ঐখোয় অমোমা কনি করিনো য়াম পুরকএ। ইয়েংদনাদি ঐখোয় চা থকপা কললিরে। হৌজিক অমোনা থরুবা চা লোল্লুগে?

চীং—হৌজিক লোলুম্মু হোরেন চংলমদাইদা থকনি। ইসে মতমা ছিদাক হায়বদুসু পুরকপনিনে। ক্লুরিংথাওদা হাপাবিবনি

কদায় চৎঙ্ক্ষয়োনে। এ লৈরে লৈরে। সে সি অশোকপা মফময়দো ঈগিং অশাবমা শেংনা চামুথোক্লগা পারপনা অনীরক, অমুক অমুক মুংদাং অমুক থৈবু।

লাং—তামো ঐ রা অম। হুংগেনা শেংনা তাকদরা ?

চীং—করিগী তাক্কনি থোইবীনা হুংববো।

লাং—তামোনা ঐবু মুক লুনা মুংশিনা তৌরিসি করিগীনো ? তামোগা ঐগদি বৈকমু থোক্লদনা।

চীং—থোক্লে নওগা ঐগদি য়াম্না নক্কখ্রবা মরী থোকনৈনা নও খঙ্গদবোরে।

লাং—খঙ্গদে।

চীং—নহোয় পাবুংদো নওব পোকপনি। মানা মওবু লুনা তৌবরনে ?

লাং—তৌদে। তৌবদি লায়রদনা ফুহনা তাল্লকইসিদি।

চীং—অহুনে অহুনে। নকুবা মরী থোকনবা ওাকনা মুংশিনবা নত্তে। থম্মোই থম্মোই ভিন্নরগা মুংশিনবনে। নওগী অচম্বা অমদি লূরবা শেংলবা থম্মোইনা ঐগী থম্মোই কাখিবা। থম্মোইগী মরীনে মরী।

লাং—চরোংনা ঐনা কদায়না তামোবু কান্নিবা ?

চীং—সজ্ঞান মুসদা মমরা নত্তে। তক্তা খৌরী কোল্লোয় হকুনা কান্নিবা অহপা চিঙ্গত্তিরা। নত্তরা খৌরী লীপ্লাং প্রাদুনা চিংথবৈ ঐনা কন্নি মিনা য়োল্লকইরা।

লাং—তামো ঐ ভাব অবস্তা খাক্কেদে।

চাং—তাখিরোই। নঙ করি থবক লৈ গুসি মুংখিলসে।

লাং—কৈস্নু লৈতে। লৌরাই লৈশাবীনবু করি থবক লৈনে হায়গে লৌ হায়রা লোইনরক্লে।

চাং—আদগী চাংমায় অসিদা নৎত্রা নঙগী হৈয়েন হেকফম?

লাং—য়ায়ে।

চাং—অদুদি মসিদা চৎলগা হৈয়েন হেকউসে। নহাল নঙনা শীজবদো য়াম হাউয়ে। মহু চানিংলকপা। অবোক্তবু চৎকে হায়বা য়ারকত্রনে?

লাং—য়ানি। করি য়াদনি। মতেক থজিক্তং চৎপবো অথাপ্পস্নু নত্তনা। অবোক্তি ঐনা হায়রিখোই য়াবনে। ঐবু য়াম লুনা তৌএ।

চাং—ঐনদি নঙবু লুনা তৌদবয়নে?

লাং—তামোক্সু তৌএ। ঐ অবোক্তা অমুক্তা হায়রখিগে অদুগা চৎসি। অবোক ঐ তামোগা চাংমচাদগী হৈয়েন হেকউগে। গুহাক্তা চৎলুগে। (অবোক হোয় হোয় হায়না য়ারকই)

চাং—নঙবু সিদা লৈবসে মুংঙাইরিবরনে?

লাং—মুংঙাইরি। আদা পাবুংগীদা লোং ফুং ঙানবদৈ পোৎথাদনা নোয়গা চানিংবস্নু চাবা ফংবা, পোৎথাবস্নু ফংদবা, ইনমস্নু ঙংমখে কুবিবা মুংঙাইতে। সিদা অথোক্তা তুমায় চারবস্নু য়েন্দেম চমফুংতা চারবস্নু সিদদা চৌরকনি ফুরকনি হায়বগী লুপা খীবা কিবা লৈত্রে মুংঙাইকে নিঙ্গদি?

চীং—নঙ ইস্কালদা লৈনীংব্রে ?

লাং—করিগী লৈনীংদনি অহুদা পাবুংখোইদদি লৈনীংদে হায়বগী য়ানীদা।

চীং—ইস্কালদা নঙবু লুনা ভৌবা মী অমগী য়ুমদা মুংঙাইনা লৈবদি কমদোই ?

লাং—কনাগী য়ুমদা ?

চীং—ঐখোয়গী য়ুমদসু য়াই অমদসু য়াই।

লাং—মহুবু ওইথোকপা য়াবা য়াকয়নে ?

চীং—করিগী ওইথোক্তনি। ঐনা শীল্লগা লোইরে।

লাং—তু তামো সিদগী হৈয়েন পাম্বীসিনি ঙাংশং ঙাংশং ঙাঙনা চয়োং চয়োং পাল্লিসে উরবরা ? মসিদগী মশা ১ হেক্তুনা ঐনা পুরকপা মহুনি তামোদা ঐনা নহালমুক লাকপদা শীজবদো।

চীং—অসুক য়াংবদগী নঙদি করম্না হেকলিবা ?

লাং—কারগা হেকপনিদনা। হৌজিকসু কারগা হেকেনে।

চীং—ঐনা মুপানি ঐ হেক্কেদা। ঐসু উ কাবা হৈ হায়বা।

লাং—টেবলদা চে শুদনতা লৈবা মীনবো উ কাবা হৈবরনে ?

চীং—হেরা করি হৈতনি হায়গে। সে ঘড়ীসি নঙ পায়শিল্লু ঐ কাগে।

লাং—তামো উ কাবা য়াম্না হৈনা। মনীং থংবগী মশাদো অমুনবা চয়োং য়াম পানবদো হেকলকউ।

চীং—হেল্লককে সিয়া ?

লাং—মানে মানে। য়াম তপ্পা থেকউ অমুনবমথৈ লোইনা কেনখি
তোকনি।

চীং—কাথোক্তনা কাবনিনা য়ায়হে। ঐ উ কাবা য়াম হৈবনে।
এন সি সি য়াওরিঙৈদা ঐত্তমা কাষ্ট তাবনে। অদো হৌজিক
কমদৌসি হায়বা?

লাং—হৈ হেক্লবনিনা য়ুম হন তারেদনা।

চীং—ঐদি হল্লরোইয়ে সিদা স্নুম লৈরনি।

লাং—তামো! নঙ ঙাওরবরাও?

চীং—ঙাওদে।

লাং—অচৎদি কৈদৌরিবা?

চীং—কৈস্নু তৌদে।

লাং—তামো ঙাওশিন্নবুসে।

চীং—লাউনে সিদা ঙহাক্তা ফমখিসে হায়বা।

( ১১ )

লাকপা—সিজা! তারিবরা? ঐ লোইরে ঐ লোইরে।

সিজা—করিগী কপ্পীবনো? করি অমুক তৌরবগে হায়বা?

লা—থবক তোক্লে সসপেন্দ তৌরে। চার্জ লৌহৌরে। নঙদি
পেল্লম্মনি।

সি—করিনোনে থবক লৌথোকপীরক্লগা ঐঙোন্দা তাইনবিররিসি-
বো। ঐনা অফিসকী চে-চাং শুবম্নু নত্তে ঐনা করি থঙদনা।
চান্নবা দিসমিস তৌরকপদি নত্তে হায়বা সস্পেন্দছ

হমজিন্নবা হোৎনরগা লোইরেদনা। পুকচেল অচুক পীক-লিসিবু করিগীনো? নবুক্তো খন্না চাউথোকও মুপা নৎত্রা হায়বা নগুবো।

লা—পুন্নমকসে নগুনা থোকহল্লিবা নগুনা হায়বা ইন্নুবদগী থোকইবা ওাক্তনি। পোং সপ্লাইন্নু শুনা তৌত্রিগৈদা শুরে হায়না শোই তৌশিল্লু হায়না নগুনা গৃ গৃ হেক্তা তকইদো। নগুনা হায়বা ইন্দুনা শোই তৌল্লবদগীদি সপ্লাইয়ারনা থুদোং-চাবা লৌখ্রে থা ৬ হেল্লফাও অরাংপা পোংতু হাপচিন্নক্তরেদ-না। স্তোক চেক তৌরে। কম্পানীদা হংলে লোইনা থিহ্নুনা খগুদোক্লগা নমহুনা ফারেদনা। মসি পুন্নমক নগুনা থোক-হনবা নৎত্রা হায়বা। হিংচাবী মীহীং চাবী। ইচাম্নুপীবুস্নু নত্ত নত্তবা রা হায়জিল্লগা ফুহুনা হেক মতানথোকপা। অক্কাওবী জগোয় শাবী! মসি পুন্নমক নগুনা থোকহল্লিবা নৎত্রাও? চৎপীত্রো চৎলু য়ুমসিদা লৈবীরন্নু। নশক্তু য়েংনীংত্রে হু তরেং থারে।

সি—নগুগীসিদি লৌরমদাই তেংনা মানবী থাইনরমদাই য়োং-মানবী হায়বহুনিদনা। হোৎনহুনা য়েংখিসি মহায়রি ঐত্ত। নগুনা চৎত্রো হায়রবদি চংখিস্নুওাইদনা। ঐ সিজনে সিজ।

লা—লাংলেনগী রাদি নগু তাজরব্রা?

সি—থর মথৈদি তারে। অংশংবা অকুপ্পদি খগুদে।

লা—তমগে লাউ তাজরো। নগুনা লাংলেনবু মহৈ তমহনসি

য়াখিদে। নঙমা ঐবু ঙমখি মঙমতুদা। হৌজিক মানা মুংঙাইরিসে নঙগী নচানকা ফংবগী য়া লৈত্তে। মপুয়োইবদো চীংখৈনিদনা। চীংখৈদো হৌজিক্তি ঐঙোন্দগী হেনগৎপা ক্ষম অমা কাপ্রে। শেন্দোইস্ম মাগী পিয়ন ওইনা লৈরে। কম্বা দানদদি পীবিয়ু হায়তুনা মখোয়না লাক্তনা কয়া হায়জখি। মতুম্ন নঙনা চৎপা য়াদে হায়না হেক মখিংবা। মীনা কয়া থীনা ঙাংনখি। অতুগা ইমা নারিবৈদা অমুক্তা হুংলুসি নঙস্ম য়াওনা চৎসি হায়বদস্ম নঙনা ঐবুস্ম চৎহন্দে নঙস্ম চৎত্তে। ইমানা শিরমদাইদা ঐবু ইম্বোকপীরম্লে, মশকস্ম উনহৌদ্রে। ঐ মী নৎত্রবনে শা ওল্লবনে ঐ লোইর-বনে। লাকপা ঐসে য়াখল থেনপ্রেদকো। ঠিকাদার চমনলালগী মখুত্তগী নঙবু অঙম তায়তুনা লাকপা ঐনা লাক্তুনা চেল্লকখি। চমনলালদা লানখিবগী পাপনে পাপ।

সি—পুম্নমক ঐনা থোকহনবা ঙাক্তনি সিনিনে নঙন হায়রিসে ?

লা—মাম্নি। নঙনা থোকহনবা ঙাক্তনি। নঙনা নত্তনদি কনানা থোকহল্লিবনো ?

সি—ঙকচয়েদকো নঙনা মুপা থোক্তদনা নরীন পানজদতুনা শক্তি বাত্তুনা মুপা ওইবগী নথোদাং পাঙথোকপা ঙমজদ্রগা মুপী ঐঙোন্দা তাইনরিবনিনে। নোক্তুম নোকখিগে হা হায়ো। ঐনা খিংজরবস্ম মুপানি নঙনা ঙম্মী কোক চত্তুনা পীরুবা য়াত্রা হায়রবা ? ঐবুদি চৎখ্রগা লোইরে নঙদনে য়াজহৌপরবা।

লা—হৌজিক্তী থবক কাত্রবনিনা মীয়াম তিল্লরোই, অথেনপোং পুরক্লরোই, পাথোন শীনবা পিয়নস্থ লাক্লরোই, নঙগী ফুটানি কায়রগনি চংনীংলে সিনিনে।

সিজা—নঙনা লৈহন্নীংদবয় উবদা হায়রিবা।

লা—চংকে হায়রবস্থ চংচথোনা করিনো? ঐ থাম্মোই। পাউ থরগা য়াংলি মতু তাজখো অতুগা চংলু। লাংলেনগী লুহোংবদো চাউত্রে হায়নৈ। অচৌ অশাংস্থ শুনা তিনমাল্লে। মাই অপোকপা মমাহুনা লুপা লাক্ক অমগী ইন্স্যুরেন্স টার্মস্থ শুরে হায় মতুগী পোলিসি অতুগা অরাং দোকান্দা লৈরিবা বেঙ্ক ওইরিবা হুইমুলাদো মতুমস্থ; মমা মপানা য়োকপা নত্তে লাইনা য়োকপনি হায়রগা বরকাস্থ মচাদা য়াম্না পীরম্মাল্লে। থাথা য়াবা মুপীদি নত্তবনি মমাদো। কয়াদা মরীংজেন থাত্রবা অমুক কুইবসি মা তুমিন্না য়ৈশিন্দুনা লৈবা ওন্নিবনি। মচানা লুহোংবা মুম্মিংতদা মশক উৎলকপা। নঙগী দোরিদগী ঐনা মাবু থাইনথ্রিবা। লাকপা ঐসে ওম্হোক্না য়াগল থেনত্রেদকো।

সি—নঙনা হায়রিসিনদি শেল পায়বা মুপীতু অমুক হনজিন্নবা পাম্নকলে সিনিনে। হনজিন্নজোনা করিনো? কনাস্থ থামদে। নঙগুম্বা নীপাদা ঐনা লৈবদি মতীক চাদে। নঙদি মুপা ওইবগী পার্সোনেলিটী য়াংপা, মুপাগী শুণ চেন্দবা মীনি। মীনা পাউ তম্মরগা লাম্লি চুন্মী থন্দনা

হেক্ত: মরৌশা। অচুম্বা অয়ান খন্দোক্লবগী শক্তি চেন্দবা, নীপা অমা ওইবদা মতীক চাদবা মীনে। মুমা খওঙি ঐস্থু। অপষ্টা টকী হোৌনবা ঐ মতাইরে হায়দুনা মন্তোমতা পংচাউদা চাওথোকচবা থকসী খাসী নাইদবা অহল কমল লাই গুরুস্থু মশক খঙদবা নঙ মা হেক্তা মহায়বা নওবু মীনা করি হায়নৈ মতু নঙদি খঙজিরোইনে। নীংশিঙ্নে নচায়ুপীগী কন্যাদান পীরুগে হায়না নঙনা পোৌরকপদা ঐন। নঙগী নাৈম লাক্লুনা য়াম্নখিবরা ফাহুনা থমখিবরা হায়দা? অবোক নাবা হংঙুগে উনরুগে হায়না জীপ থোৌদোরকপদা চাকা প্নায়দুনা ঐনা গাড়ী খামখিবরা লৈত্রা? ঐনা থিংজরবস্থু নঙনা মুপানি নমহুনা চৎখিবা য়াইনা। নঙগী পার্সোনেলিটি য়াংচহুনা নরীংজেন প্যান্দহুনা নপাঙ্গল নথোনা লৈজদহুনা চৎপা ওমজত্রগা মুপী ঐঙোন্দা তাইনফম থোকপ্রা করিনো। পার্সোনেলিটিদিনে খঙজো ঐনা নঙোন্দগী য়াম হেল্লি। নঙগুম্বা মুপা ওইবগী গুণ চেন্দবা নঙোন্দা ঐনা লৈরকপাসে ওংম্বাক্লা লানথ্রে। অহুগনে অঙোম শিজা ঐদিনে থাথা য়াব মুপী নত্তে। মীনা লাকচবস্থু য়াদবা খঙবিরেদনা। নঙগা থাইনরগা হেন্নহুম মুংঙাইমি ঐদি। নযুম্‌সিদগী পোৎনা অমা পুথিগদবা মুপীস্থু নত্তে, ঈশাম্না পক্লিবা ক্ষি থরসি নত্তনা। ঐ চৎপগী তয়ামী লোইরবনি। নচা ময়ামসিনা নঙনা মপানিদনা নঙ য়োকাহী ঐসে চহীস্থু পংয়াম য়াম্বা নত্রি হায়বা, শক লময়োনা ফজবমক মত্রগস্থু

নীঙোন্দবীদি অাবে হায়বা। শমশে থোক ককথংলগা বেয়ুকট জৌরগা লৈশাবী মচা শাহুনা, কেনা অগোয়গী ওজা ওইহুনা লৈথোকে। লৈশাবী মচা মশক ফজ্জ কজবা ময়াম থোয়গা অগোয়গী কলেজ অমা লিংগে অগোয় অবীগে। নঙনা অবুক কৈওইবা মনীং মমাং হোত্রোং হো নতু লৈমা কাংকোক হায়হুনা হৈজহৌরগা লোইরেদনা। ঐ চংলে।

লা—ঐদি কাহামাও খুজাইকায় তারবা।

## ফ্লাস্ক বেগ লোইবা

[ ১২ ]

চীং—খঙঙেদনা মসিনি ঐনা রিসার্চ তৌরদা ফংলকপা নঙগী পুন্সীগী ইতিহাস। নঙবু ঐনা কয়াম রানা ফংলকপগে হায়রদো খজ্জরেদমা। চীরা মণি মুক্তা হায়বসে ফংবদা খরা রাবরি। অতুনা মমলশু ভাগুরিরনি। খঙো পেন্মা নঙ শাউগনে। নঙনা নঙগী পুন্সি শৈগৌদা রারকপা ময়ামদো মহুগী লমন ঐনা শিংজরবনে। নঙগী ইতিহাস রিসার্চ তৌবদা মতম কয়াম চঙখি। ঐদি নঙগুম্বী সমাজনা নৈহৎপীরবী থোইদোক্না মুপীজা ওইবীশিংবু অরাংবা থাক্কা থাংগৎচনীংবা নীপা অমনে। শান্টরো হায়বা ভাব ভাউও। পার্টি চংসে অমতা চিথগনুসে।

লাং—ভাবপুদি তারেদা। ঐ স্বর্গ খুংনা লাম্বা কংজরবনে।

অত্থদা অদোমদি থিজিন খোৎচিনবা য়াম্না হৈরম্বসিদা ঐ নত্তবা অতৈ অতোপ্পবুম্থ থিজিনবিরম্বগত্রা হায়ব্ৰা মুংশা খীজরিবা ?

চীং—মহাভারত রামায়ণগী কহানী তারবা, পুরাণ ফাক্লরবা কান্দদি মীশিংসি শিংগৎলকইকো। কান্নদেসে ফিরোল হোংদোক্লগা পোৎথাক্লরসি লাকও। থেঙম্থ থেঙঙম্মনি।

লাং—কোল্লকম্থ হৈনদেসে। চুম্না চৎলো।

চীং—ঐবু মীনাই মচারনে হায়বা রাহংদো ঙসিদগীদি অমুক হন্না হংলগম্থকো। নঙসে মীনাই মচা ওইরমদয়ে মপু মচা ওইরম্নে হায়বা খঙজরেদনা। ঐগীনা থম্মোয়গী লাংলেন থোইবী। লৈমরেনবী।

লাং—তামোদি করি ?

চীং—ঐবুরাও ঐদি মীনাই মুপা।

লাং—ঐবুদি মীনাই মচা হায়বা রাকৈসে অমুক হন্না পল্লগম্থ ঙসিদগী হায়রগা, তামোনা করম্না মীনাই মুপা ওইরিবা ?

চীং—ওইরম্মী হৌজিকম্থ ওইরী।

লাং—কনাগী ?

চীং—অত্থবুরাও তায়রোইদা।

লাং—করিগী ?

চীং—তারবদি শাউরক্লদবা।

লাং - কনানা।

চীং—নঙনা।

লাং—কৈথেলগী শাগুরুনেগে। তাগোদি কলাগীদু মীনাই গুইদনা।

চাং—ঐদি মীনাইনে, নওগী থম্মোইগী মীনাই খঙতেদনা।

লাং—অছুদি তাগোদি মোইরাংগী থম্বা তারেদনা।

চাং—ঐনা থম্বা নওনা থোইবা খঙতেদনা।

লাং—তামো থম্বা করম্নিনি। অসিতা হায়হনগদগী।

(১৩)

লাং—ওসিদি ঐ রা অমতা হায়গেনা?

চাং—অমতা নংত্রবসু ৫/১০ হায়য়ুনা করম্নো।

লাং—ওসি নোংমাইজীং নংত্রাও?

চাং—মানি অদো কৈদৌরগে?

লাং—নোংমাইজীং ওইরবদি কোয়থোকলুসি হায়বা।

চাং—কদাইদনো?

লাং—খঙদে। অমনা হেক্তুন।

চাং—মকম অমদি লৈরমগনিদা। অদো মকমদো কদাইদনো হায়বা?

লাং—মকমবুদি লৈরে। অছুদা তামোনা য়ারকঞ্রা য়ারকদোইঞ্রা চিংনবা।

চাং—ঐবু ঐগী লাইংলেন থোইবনা হায়বদা য়াথিদবা য়াওত্রনে?

লাং—য়াওথিদে।

চাং—অছুদি মকমদো হায়রোদনা।

লাং—পাবুংথোইদা।

চাং—অচুদি ঐদি খনবা কুইরবনি। নঙনা য়ারকলোইদরা কিচুনা হায়দবা ?

লাং—করিগী কিরিবা ?

চাং—খঙদে করিগীনো ? পংকিদা কিজেয়ে নঙসে ইবেম্মা।

লাং—তামো নঙ নীংশিংলিবরা ?

চাং—করিবো ?

লাং—অচুঙৈগী রা পাখং লৈশা ওইরিঙৈগী রা।

চাং—করি রা ?

লাং—তামোনা অবোক্তা পীজখিবা কৈশামপাংকী পকোৱাগা পাকনমগদো।

চাং—অবোক হন্নুবীনা হাউনা চাখিবদো। নীংশিংলি। ঐঙোন্দা হাউত্রে পেপ্লে হায়চুনা বর পীখিবদো।

লাং—অরাং রাবগাইগী চাংচুম মচাদা হৌবা হৈয়েন পাম্বীচুদি ?

চাং—হৈয়েন পাম্বীগী মখোঙদা হৈয়েন হেকপা লোইরগা ঐখোয় অনী করি করি ভাংনখি নঙ নীংশিংলিবরা ?

লাং—নীংশিংলি কাউদে।

চাং—নঙনা নীংশিংলিবা কাউদ্রিবু করিনো হায়বা ?

লাং—অচুবুরাও ? তামোগা ঐগা য়েংকা ওইগা কম্মিন্নচুনা হৈয়েন চয়োং অচুম্বা অমমম পায়চুনা রাশক্লখিবদো ?

চাং—করি হায়না ?

লাং—পুস্নিগী থাদোক্লহুসি হায়না।

চাং—অওইবরানে ?

লাং—ভোর কম্নুসে হৈনদে। মীগী মমাংদা টবু ইকায়ত্রা করিনো অহলথংদা।

চীং—পাথং-লৈশা ওইরিবৈগী অরাং রাবগাই নীংশিংলকপা।

লাং—অদো পাবুং থূরুম্মুসি হায়রবদো কয়ম কান্দা চৎসিগে?

চীং—নগুনা চৎনীংবা মতমদা। ঐগীদি বেরা লৈতে।

লাং—অছুদি চাক তোরুগ। মুংথিল থর গুল্লপ চৎলসি।

চীং—পাবুগী করি করি থরা পুনবদি লাওলবরা?

লাং—লাওত্রি থোরাং থর তোরুখিগে।

চীং—চৎলো চৎলো করিমতা পুদনা ইশা ভাক্তা চৎপদি চুমদে হায়রবা।

[ ১৪ ]

চীং—গাড়ী থাম্মী থোঙ্গাল ময়াদা (লাকপগী য়ুমনি)।

লাং—সিবু পাবুংগী য়ুমনিকো।

চীং—মাম্নি। পাবুংগী য়ুম।

লাং—মতম অমদা পাবুংনা ওইরম্বা ফীভম হৌজিক্তা করি ওইরবা।

চীং—অমুক কাবা অমুক কুম্বা তাইবং হৌনশা থোঙচৎনি। শজিবু কালেনদা নোংলেন নোংজাউ ভাই। বসন্ত হৌপ্রে নিংথম চঙলক্লে। পাবুংগীস্ত নিংথম ওইরবনিনে লাংলেন। নিংথম থাদবু উ-রা অনৌবা ময়োল চোংবা উপ্রবরনে।

লাং—উদে।

চীং—পাবুংগীস্ত অছুনিদনা।

লাং—মতম অমদা কাকা বাহাদুরনা থুগ্রী মথরাংদা য়াল্লগা

লোপ্পম্বা পেটকিপরগী য়ুম মঁচাদো তুহ্না লৈরে। কাকাদা ঐনা রাবগাইদা অবোকী মনাক্তা চেল্লগদাইদা থরা হাংদোকপীদ্বু হাঁয়হ্না ইমিঙ। ইপি তামা হায়জাখিবদো ঙসিদি মী শা মদ অয়েম্বা লৈত্না চঙলে। অথিংবা লৈরে লাওনা হাংহ্না লৈরে। অঙকপগিকো ঙাইবঙ খোঙচৎ কনীনম্ব থাম্বা শুমঙ্গে।

চীং—কারসি সুরাইদা সুম থনম্মসি খৌজিনবা য়ায়রোইদবনিনা।

লাং—থনম্বা তারেদনা অঙেক-অকায় মরকসিদা করম্না খৌজিনুগনি।

চীং—ইংখোলসিদি লোইরেদনা !

লাং—মতম অমদা তাদা শেঙোইগা ঐগনা ঈশিং চাইরম্বা হৈরা পাম্বী— কমলা, চম্প্রা, কর্কৌই, হৈ, দেশকী হৈথা লোইনা কংগ্রবা অমতা হৌত্রবা? পাবুংনা কদাইদা?

চীং—তু আদগী মাঙোলদা চৌকি অমদা ফম্লিবসে মাল্লি।

লাং—কদায়? (চেনসিনখি মখোংদা তুম্বমা) পাবুং, মচাবু ঙাকপীম্বু পাবুং।

লাকপা—নঙম্বু কনানো?

লাং—পাবুং নচামুপ্পী লাংলেনবু খঙব্রবরাও?

চীং—স্যার ঐনা স্যানজী পি.এ ওইরম্বা চীংখৈনি। লাংলেনগী মপুরোইবা, পাবুংদা অমুক্তা ঙাকপীবু হায়জগে হায়হ্না থুরমজরি।

লা—(চৌকিদগী হৌগৎলগা) ইপা কোনগে লাউ মখোয় অনীনা ইপাবু অমন থুমলিবরাও? ওকলে ওকলে। মতম অমদা

ইপাগী লাংলেন নঙবু ইপানা ওৎখিবদো নঙ ইপাবু ব্লারোগ-ম্নুকো। ব্লাখল থেনবা নপানী খন।

লাং—পাবুং।

লা—চাংখৈ নঙ ইকুবু ব্লারোব্রাও? নঙনা ঐবু পান্না অমা তম্বীখ্রে-নহে। ঐনা থওইবিখিব্রবী ইচা লাংলেনবু মী অমা ওইনবা শেম্বীরম্বসে মসিনা মপেনখ্রেনহে। নঙ ইকুবু ব্লারোগম্নুকো তুমিং হয়িং ফাও পাইখিব্রবা ইংখোলম্নুংশিদা নখোয় অনীনা ওসি ইপা লৈরীকো হায়জুনা খোঙ্গুল লীরকপসে মসিনা মপেল্লে। মপা অমা ওইবগী মহয় য়াল্লে। ইপা মুংওাইরে। ইপা পেল্লে। নখোয় অনী লাই গুরুগী সেবা কংবা ওইম্নুকো।

লাংলেন—পাবুং।

চাংখৈ—স্যার।

